কোঙজবা:—  অইবা

অহানবা নম্বা লাইরিক মসীঙ ১০১১
পাংচা ৩৩৮০, খৃষ্টাব্দ ১৯৮২

ফংকম থোক্‌পসিং অইবগীনি।
মমল লুপা ৫··
।—স্বর.জ প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফাল

# নুঙাইবা ফোংদোকচবা

খৃষ্টাব্দ ১৯৮০–৮১ ইংগী অঙাংসিগী লাইরিক ইবা চাংদমবদা "ফুঙ্গা ৱারী" গী কাংলুপ্তা "ইপুংথাক্কী পাংওতাক ৱারী" কৌবা লাইরিক মচা অসীবু "মহৈ মসিন লোয়সঙ অচৌবা" (ডাইরেক্টর অফ ইডুকেসন, মনিপুর) না অহানবা মনা পীবীবগা লোয়ননা সেলগী মতেং থরস্তু পীবীহুনা লাইরিক অসী ফোংদোকপা ঙম্লগী খুদাংচাবা পীবীরে। মরু ওইনা ঐনা নুঙাইজরবদি—তুংগী মুন্সীরেল ওইরক্কদৌরীবা অঙাংসিংগীদমক্তা খনবীহুনা অঙাংসিংগী লাইরিক ইবা চাংদমনবগী থৌসিল অমা তৌবীহুনা অঙাংসিংগী অফবা লাইরিক কয়া পুথোক্লবা অমদি অরুবা অইবা কয়া থোরক্লবা হীরম অসীদা থৌরাম যাওনা হোংমবীবীবা "মহৈ-মসিন লোয়সঙ অচৌবা, মনিপুর" গী থৌবাংবু নুঙাইবা ফোংদোকচরি।

বাইং তফাজাও

# য়াওফম তাকপা

# মাহৌদোক

নদাইরেম ঈরাকমনা তন্না থাদা হল্লংচৈ, মাণ্ডদা হৌখ্রকা কংলৈতা অ'সবমিংগী অন্নাংবা খোর্জৈ উরুরগা মখোয়গী মাইয়া খোঙ্গুল লীজনিংই। অহুবু পারমা সিল্লৈলোম্বনা থগদবা মপা লাক-উদবা মমি তমহনা লৈরেংবা হৈক্রিবা নোমানা লৈরেংবগুম "ঈপুবোকী পাওতাক মারী" হায়বা অসী মতিক চাওরবা থুমায়গী ককমদা লৈকংচরি।

তরাগী মনায় ওইরবা নদাইরেমনা "ঈপুবোকী পাওত্তাক মারী" হায়বা লাইরিক মচা অসীমা ইজরুবগী মরমদি— মচু পুম্নমক্কা সওবদা মারিবা অতৌবা চয়ৈ কিগী মদম ওইরিবা নোমা শিন্দমলোই (ছাত্র) সিংগী থোংলবা কোক্তা মচু মওথিবদা থরদং কান্নগত্রা থম্বুবদগী খোর্জৈ তাকবনি। পাওতাক মারী ওইনা থবীরবা ইপা-ঈপুসি'গী থুদোলপোং অসীনা মৌমা অতাংশিংগী কে ক্বৌ মতেং থজিক্কং ওইনবা য়াথ্রবদি ঈপা ঈপুশিংগী মহৎ শিন্দুনা খোর্জৈনা মারী লীজবগী মহম মাল্লে হায়না হন্নাওজগনি। লাইরক থীবদি—হায়গদবা মানা হায়হৌদবা, হায়ম্নোইদৌবনা হায়থিহনা মাহম্ম কানন চনথিবা থোকলবদু তরাগী থৌজাম্না তাক্পাগনি।

—অইবা

# ফৌ চরোং তমগী লমন্

তাও ঈসুসা ঈপু বারী লীগে। থাইনা মযাঙৈদা চাওবহল কৌবা, ভোয়াই কৌবা মচীল-মনাও অনিথক লৈবম্মী। মচীল-মনাও আনমক চাবা থকপা ব্লাত্তবা মাওই অমা ওইনা মযুম পাল্লম্মী। মখোযগী মরু ওইবা সিনকমদি লৌউবনি। অদুগা মচীল-মনাও ওইবগী থকসি খাসি লৈবা, নুংসি মুঙোন্না পালমিন্নবা ঈমুং অমমু ওই-বম্মী। অতুমনদি ওইরগা য়ুম তোঙান-তোঙান্না মাগী মাগী লৌ ইংথোলমু তোঙাল-তোঙাল্লি।

অদুগা মচিন মনাও অনিমক যাম্না চম্বা, পুকচেল শেংবা মীসকনি। মযাম্না অহল চাওবহন্দি কৈদৌঙৈদসু অবালবা-মানম্বা থক তোদে লোযননা লাইবু থাজবা মীসকনি। মীগী মপোং মিহৌদে, মাগী হোৎনজমন ফংজবা থবদং অদুনা লাইনা পীবনি হাযনা লৌজে, মীবুস য়াম্না থৌজাল হৈ, মীনুংসি চাওই, অন্না অনা তারবা মীসিংবু তেংবাংই। মানা তৌখিবা তেংবাং কাওথোকপা ওম্মী, মানা মতেং পাংখিবা অদুগীদমক মীঙোন্দগী তেংবাং পাম্ল লৈতে।

অসুম ওইবা চাওবহল অসিগা মনাও নুপা তোযাংগা নৌ লোন্নৈ। মচীল মনাও লৌলোন্নবা অদুদা মনাও নুপাগী ফৌ চরোং অমথক চাওবহলগী লৌরোমদা ভুথদুনা লৈ। অসুম্না মনাও নুপাগী ফৌ চরোং অমা ভুথদুনা লৈবা অদু চাওবহন্দি খঙখিদে। মরম অদুমা চাওবহন্না মাগী লৌ খাওবদা মনাও নুপাগী ফৌ চবোং অদুমা য়াওখিরম্মী, মাগী লৌ থৈদুনা কোত্তা ফৌ কাখিবদা মনাও নুপাগী ফৌ চরোং অদুমগী ফৌ য়াওখি। মসি মহাক খঙদবনা মনাওগী ফৌ চরোং অদুমগী ফৌ খর অদু মাগী কৈদা য়াওখিবনি, মসীদং মাগী পুক্নিদা অরানবা তৌখি। মহাক মসামক্তি খঙখিবা নত্তে, খঙদবদগী থোকখিবা থোঁদোক্নি। থোঁদোক অসী কনা অমত্তনা খঙনদবনি, খঙদনা উদবা পুন্নমকপু উবা ঙম্বা লাই মহাক্তনা উবনি।

অদুম ওইরবা লালবা হৈত্রবা চাওবহল অদু অহল মতম ওইরকদুনা লাইগী চৈথেক মসিঙ সুরদুনা পুক্নি চেঙজেল লোমখ্রে, মপুগী নাক্তা য়োখ্রে। চাওবহলগী থোঙাায় য়াইবিরেল সিদবনা মপুগী নাক্তা যোরবা মতমদা চাওবহন্না তাইবঙ কুমহৈ য়াওদুনা হিংদুনা লৈরিঙৈদা মানা তৌরকপা অফ-ফত্তগী মহয় অদু খল ওন্দুনা য়েংলে।

খল ওন্দুনা য়েংবদা মনাও নুপা তোয়াইগী ফো চরোং অমা হেঞ্জিনবা অত্তগী মরাল ফংলে। মরাল অত্তগীদমক চাওবহলবু ইরোই ওইনা মপোক অমা পোক্লগা মনাও নুপাগী ফো চরোং অমগী লমন সিংউ হাবনা ইরোইগী মপোক্তা পোকহনখ্রে ।

মনাও নুপাগী সঙ্গোলদা লৈরিবা ইরোই অমোম অত্তগী পীবুকনুংদা চাওবহলগী মথৌরায য়াইবীরেল সিদবনা চঙ্গুনা ইরোইগী মপোক্তা পোকখ্রে। চাওবহলগী মপোক্লা ইরোই ওইনা হেক পোকখিবদা মপুনা পীনবা ইরোইগী মহৌশাদা মনাৎ ওইদুনা লেনখ্রে। ওহোকপনি—তাইবঙ মীগী তাইবঙ পালদা অব্দ-অহেনগী কুমহৈ ফম্পাক-থক্তা হুঙাই য়াইফবা মীওই অমা ওইনা লেঞ্জরম্বা চাওবহলনা ফো চরোং অমগীদমক্তা ইরোইগী মপোক্তা পোকতুনা সাবুক-ঙাবুক্কী ইপাক্তা পুন্সি লেল্লিদো ঈস্নুসা। ইরোইগী মপোক্তা পোকলবা চাওবহলগী মপোকপু মনাও নুপা তোয়াইনা ময়াম্বনি থঙবা ঙমদেদো। মরম অত্তুনা ইরোইগী মপোক্তা লোকলবা চাওবহলগী মরেং জুমদা লেংয়ান থাংদুনা মনাও নুপা তোযাইনা সম্পোৎ খোই, সাজৈনা কয়া ফুবি। কয়াদা রাখ্রবা ফো চরোং অমগী লমন সিংবা চাওবহলগী পুন্সিনো ?

অসুম তৌনা ৱানা লেপ্পকলবা চাওবহলগী পুন্সি ময়ায় চল্লকলবদা লাইগী থোজাল অমদি ফংগদৌরি নোংমা মনাও নুপা তোমাইগী ফৌগৈদগী ফৌ হুবাল- গদৌবগী হুরালবা মী থর লাকলম্মী, হুরালবশিং অদুনা তোয়াইগী কে গৈগী ফৌ পেকতুনা কোকথোং অমমম পুথোরকই। মতাং অদুদা সঙ্গোলন্দা লৈবিবা ইরোই অদুনা হুরালবসিং অদুবু "ঙাইখো বা হাবগে" হায়না তাইবঙ মীরোলনা হায়বকই। ইরোইগী ৱাঙাং ঙাবদা হুরালবশিং অদু ইঙক ঙকতুনা মখোয়না পুবিবা ফৌ কোকথোংসিং অদু লৈমাইদা থাদবম্মী। হুৱালবশিং অদুনা হায়বকই — "ইরোই নঙনা ঐখোয়বু ঙাইখো হায়বদি করি মবমগীনো ? নঙনা মীরোলনা ঙাংবা তাবদা ঐখোয় ইঙক ঙকলে।"

ৱাফম অসিদা ইরোইনা হায়বকই— "চুম্মী, ইরোইনা তাইবঙ মীবোল ঙাংবা হৌনদে, তোইগুম্বগং ঐদি তোমাই- গী ময়াম্বা চাওবহন হামবা অদুগা ইরোইগী মপোক্তা পোকতুনা লৈবনি।" হুবালবসিং অদুনা হায়বকই — "নঙনা ইরোইগী মপোক্তা পোকতুনা লৈরিবদি করি মরমগীনো ? ইরোইনা খুমলকই—"তাইবঙ মপোক অথোইবদা পোকলবা মরুপসিং তাবীয়ু। ঐ অসে

তোয়াই কৌবা নুপা অসিগী মথান্থনি নহানমুক্কী মপোক্তা ইনাও নুপাগী ফৌ চবোং অমথক ঐগী লোদা তুথক্তুনা লৈবদা খঙদক্তুনা খাওবদা যাওসিনখ্রে। মরম অক্তুনা ঐনা সিরগা মপুগী নাক্তা য়েৌরবা মতমদা ফৌ চরোং অক্তু ইরাল লৈরমক্তুনা ফৌ চরোং অক্তুগী লমল সিংবগীদমক ইরোইগী মপোকতা পোকতুনা লৈরিবা অসিনি। নখোয়না ফৌ অক্তক য়াম্না হুরাল্লবদি মপোক কয়া সা-সলগী মপোক ওইত্তুনা লৈরগনি, হুরালগনু।”

ইরোই অসগী বাওং তাবদা হুবালবসিং অক্তুনা যুম্নু তোয়াইবু হৌদোকলে। অহিং অথেংবদা হৌদোকপা অক্তুদা তোযাইনা হংলকই—“অহিং অথেংবদা হৌদোকলিবা নখোয়বু কনানো ?” হুরালবসিংনা খুমলকই—“ঐখোয হুবালবনি।” তোয়াইনা হাযবকই—“হুরালবনা যুম্নবু হৌদোকলিবদি করিনো ?” চুম্মী হুরালবনা যুম্নবু হৌদোকপা হৌনদে, ঐখোয় চানিংঙাই লৈতবদগী নঙগী কোত্তগী ফৌ হুবালবা লাকপনি। ঐখোয়না ফৌ পেকতুনা কোকথোং-কোকথোং পুথোরকপদা নঙগী মমাঙ সঙ্গোইদা পুন্দুনা লৈরিবা ইরোই অসিনা হুরালবা তৌহৈদে হায়দুনা খামলে, ইরোই অসিনা হায়রি—নহাক্কী নয়াম্বনা ইরোঈ ওইনা পোকপনি হায়না।”

হুরালবসিংগী ৱাফম অদু তাবদা তোয়াই থোঙ হাংদুনা থোরকই—“করিনো ময়াম্না হায়বিরিবা অসীবো, ইরোইনা বা ঙাংই হায়রব্রা ?” ৱাফম অসি তাবদা ঈরোঈনা খুমলকই—“ ইনাও ইবুংঙো ঙ্ক্সিবা ! ঙসি হাযবা ঙ্গমিং অসীদা মপু মাগী থৌজান্না ঐ নহাল মপোক্কী নিং-সিংহনবীরকই, অদুগী মথক্তা হুরালবসিং অসীবু হুবালবগী লওজবা মরাল নৈহন্নিংদবদগী খাগমিংবা অমা পোক্খি। মতাং অসীদা সাগী মপোক্তা পোকপনা তাইবঙ মীবোল থোক্তবদগী কবম্না হুৰালবসিং অসী খামসিগে হাযনা মীলুদগী পিরাং সিন্থনা মপু মাবু থুক্কমজবদগীখঙহৌদনা লৈয়েনা হাযদোকপা ঙমখি। ”

তোয়াইনা হায়বকই—“ ঐবু ননাওনি হায়না তাক-পীথ্রে, ঐগী ইয়াম্বা কনানো তাকপাযু।” ইরোইনা মমাং পিরাং ঈহৌনা হায়বকই—“ ইয়াম্বা মাবা নাগে তাও। নহালমুক্কী মপোক্তা নঙগা ঐগা লৌ লোন্নবদা নঙগী ফৌ চরোং অমা ঐগী লৌদা তুথবদগী খাউবদা য়াওসিনখিদুনা ঐগী কৈদা কাবদা যাওথ্রে। মরম অদুনা ঐনা তাইবঙ ঈপাক থদুনা মপুগী নাক্তা য়োরবা

মতমদা ফৌ চরোং অত্তমগী ইরাল ফংদুনা নঙগী ইবোই ওযনা পোকতুনা ফৌ চবোং অত্ত-মগী লমন সিংলিবনি, ঐ অসে নযাম্বা চাওবহলনি।" ব্রাফম অসি তাবদা মনাও নুপা তোযাইনা "হো যাম্বুং!" হায়না কৌদুনা ইরোইগী মপোক্কা পোকতুনা লৈরবা মযাম্বগী মখোঙ কোন্দুনা কপখি, হুবালবসিং অদুসু সা-মক্তি নত্তবনিনা মীগী থম্মোয পাল্লবনিনা মচিন মনাও অনিগী থম্মোয অনি কপম্নিন্নবা অত্তদা মীত্তগী পিবাং সিঙ্গনখি। ইরোইগী মপোংক্কা পোকতুনা লৈরিবা চাওবহলনা মনাও নুপাগী মসাদা মমীৎ ঈবা চেন্না মবৈনা লেকপীখি। তোয়াইনা কপন-কপনা হায়বকই—" ইযাম্বুং ইবুংঙো! ননাওদি ইরাম্বনি খঙদবনিনা লেংয়ান থাংদুনা সম্পোৎ খোইখিবা সাজৈনা কয়া ফুখিবা লঙজবা (পাপ) পুন্নমক কোকপীযু" হায়না মখোঙ কোন্দুনা কপখি।

ইবোইলা হায়রকই—" ইনাও ইবুঙো নুংসিবা! তাইবঙপাল হায়বা অসীদি মীৎত্রংদা শান্নবা কুমহৈনিনা অমনা অমগী মপোক খঙনদবনিনা নঙগী নবাল লৈতে, নরাল পুন্নমক কোকচৌ। নয়াম্বা ঐনা ইরোইগী মপোক্কা পোক্লিবা অসীসু নঙনা কোকচরো হায়বা

নত্তনা ঐগী ইরাল কোক্কদবা লৈতে নঙনা কোকচবো হায়বা মতম অদুদা ঐগী পুন্সি লোমদুনা মপুগী নাক্তা চৎতুনা মপু নাকপু ফংজগদৌরিবনি।” বাফম অসী তাবদা তোয়াইনা পরপ-পরপ চৎখিদুনা ইরোইনা চাবা কৌনবা চীঙ্গাক অফবা ময়াম লৌরুদূনা ফোরাদা হাপ্লগা ইরোইগী মমাঙদা থমলে, হায়রকই—“ঈয়াম্বুং ইবুঙো ম্নুংসিবা! ননাওনা কৎচরিবা চীঙ্গাক অসী হাবিরগা ঈয়াম্বুংগী মরাল পুন্নমক কোকপীরো” হায়দুনা ময়াম্বা ইরোই অদুদা মখুৎমক্তা ইল্লি। চীঙ্গাকশিং অদু চাবা হেক লোইবদা ইরোই অদু বোম তুদুনা সিখি। অসীগী তুংদা হুবালবসিং অদুনা হুরাল্লমলিবা ফৌশিং অদু হুরালবসিং অদুদা তোয়াইনা লেম্না কথোকখি। হুরালবসিং অদুসু নুমীৎ অদুদগী হুরালবা হায়বা “হু” চাবা তমথীরবা থবক অদু থাদোকখি। ঈগুসা! নখোয়গী পুন্সিনা লৈরিঙৈদগী হৌনা হুরালবা হায়বা অসি “হু” চাবনি হায়না খন্দুনা হুরালগনো, মতাং অসোদা ঙসিগীদি বারী লোইরে, হয়েং অমুক ঈপু লীগে।

---

# মীওইবনা সিনিংবা লৈতে

তারো ঈসুসা ! ঈপু বারী লীরগে। থাইনা মমাওঙৈদা মাগীনি হায়বা মরী মতা অমত্তা লৈজদ্রবা, মাগী মতেং পাংবিনবা কনা অমত্তা লৈজদ্রবা তোঞ্জাও কৌবা হনুবা অমা লৈরম্মী। হনুবা অসিগী যুম্বাল কৈপালদি-সেগাইববা খাংপোক কাক তোংবদা পুখরবা যুম অমদা লৈরম্মী। নোং খাজক্কং তাবদা মাগী ইমুংদা ঈসিংনা পুমতাও তাওই, ঈসিং অদু তিংথোকখিনবা চাকখুমগী অকোযবদা ঈবম ফাৎতুনা ফক্লাং সিঙথোওদা হুত্তোকই। চাকখুম অদুদা হওোই চোংতুনা সান্নে, তিনথ্রোক মথী কাই, তিনথ্রোক কবা থোরকতুনা চংতুনা লৈ, তিনথ্রোকসিং অদু হওোইনা ফাদুনা চাই। মাগী হিপননবা বাগী কাংথক অমা লৈ, কাংথক অদুদা ফদি ফরা থবদং থাই উত্তুপ অমদা মোন থাওই।

ঈসুসা ! মীওইবা হায়বা অসী মানা-মানা তোঙা মানা ফংই হায়বা অদু শোযদ্রবনি। তোঞ্জাও কাসলা অসী মপা। হাক্তকা য়াম্না নুঙাইরম্মী, মতা ওইরিবৈদা

বান্না নুঙাইনা হৌরকপা নুপানি। অদুমনদি ওইবগা তোঙ্গাওগী মপা অদুনা মীগী লৌ ইংখোল থম্বা, কোল-লিক থম্বা লৌই, মাগা থানখিবা নুমাং অদুদা থমলিবা পোৎ অদু হেক হন্দোকতবদা পোৎসিং অদু নমদুনা লৌই। অসুম্না তৌবদগী মীগী মরল মথুমদনা "হু" লৈনা নুঙাইখিবনি। মপানা মপান ফবিঙে অদুদা তোঙ্গাওনা ঙাওসিন্নদুনা গানা পান্বা নুপী ফাদুনা লৌবা, শেল পায়বগী হৌনবা নুপা মসাঙ সান্না থিবা, মানা পানদ্রগা হেক্তা খাইনবা অসীনি। মাগী মরাইবক্না মচাসু অমত্তা পোকতে, মীগী গাওনবা থবক কযাসু তৌই, মপুরোইবা লৈবসিংদসু নত্তবা লমচৎ কয়া তৌই। মরম অদুনা তোঙ্গাওবু কনা অমত্তনা নুংসিদে, মাগী মরী মতানসু নুংসিদে, অদুনা মাগী মী অমত্তা লৈতবনি। মাগী হু পুবা লমচৎ অদুনা মাগী নুপীসিংসু মপাম মপামদা পুন্সি লেন্নখি।

মচা হায়বা অসী মপা ওইবগী হয়েংমুক মপোকনি হায়বা অদু অসেংবনি। তোঙ্গাওগী মপানা নুঙাইবন্না হুমাওমন্না নুঙাইরম্বা নত্তে, লৈত-লাবরবা মী কয়াগী ঈ চুপতুনা "হু" ওইরবা ললনা নুঙাইরম্বনি। মরম অদুনা

মাগী হয়েং মপোক ওইববা মচা নুপা তোঞ্জাওনা হন্দক্কী মপোকতা মীয়ামগী ঈ থকখৎবগী মহয় অতৃ ফংলবনি। ঈস্নুপা হয়েং মপোক হায়বা অসী নকথ্রবা পোৎনি, লাপনা থক খলহৈদে। হয়েং মপোক হায়বা অসী মক্কম খওবা পোৎ নত্তে, হয়েং মপোক্কীবু হায়তুনা তৌহৈদ্রবা থবক কযা তৌহৈদে।

অসুম তৌনা নহাল মপোক্কী মানা তৌবকপা মহম চাদ্রনা চাইবেলগী কঙ্গোথকতা ঙৌববা লেমলৈ ঙাগুম হি লি। তোঞ্জাও কবি পাম্ব লৈতদ্রনা লোইবী চীংদগী সীও চন্দুনা সীও যোল্লগা চাবি, অহল মক্কম ওইববা তোঞ্জাওনা সিঙ চল্লগা যোন্দুনা চাবা অসী মতাং চাদ্রবনি। অতৃবু-মী-মী অতৃগী মরাইবক্কী পোৎয়োমদা হাপ্পীরকপা মপুগী নোংদমখোল অতৃতবু মীওইবনা তাইবঙ পাল কৌবা কুমহৈগী ফম্নাকথকতা ফাকতুনা চারিবনি। তোঞ্জাওনা মসা হায়রপ ঙমদবদগী নোংমদি সিঙ চনবা চৎহৌদ্রতুনা চরা অনি হেল্লে। অম্নুকতদি মসা খিত্তুং ঙমদবনা চরা হেনবগী অৱাবা থোইনা লৈরমদে, নুমিদাং ওইরকলবা মতম অতৃদদি চাক লাম্বনা থোইদোক্না অৱাবা ওইরক্লে করি চানিঙাই লৈত্রবনা ঈসাং থৱ থকতুনা

খাঙলম্মী। ওম্নোকপনি চাক য়াওরবা হায়বা অসীনা তুম্বা-হিপ্পা য়াবা লৈখিদ্রে, মাগী কাংথক অদুদা ওন-থোইনা খাঙলি।

অঙকপনি-মীৎসুম, লাইবেম্বী (নিদ্রা) গী পাঙ্গল, চাক লাম্বগী মৈচাকনে, মাগী কাংথক অদুনা নাবগী চৈনানে শরু ঙাকতা ঙাঙ্গৈরবা তোঞ্জাওনা ওন-থোয়না খাঙলম্বা অদু নাখোকতুনা তুমখ্রে। অদুবু তোঞ্জাওগী অরাবা অদু উবীনবা কনা অমত্তা লৈখিদে। মাগী খাংপোক অদুগী য়ুমথক অহোবদা থা কৌবা লাইগী মঙান্না ফাউজিল্লকতুনা তোঞ্জাওগী কংলবা চাযরুং অদুদা নানবীবগুম উবা অদু মঙাযবে। অদুম ঙাইহাক পুঙ্গায় লৈরবগী তুংদা থা কৌবা লাইসু মপুগী থৌদা পুবা খোঙচৎনিনা তোঞ্জাওগী চায়রুংদা অরংবা মঙাননা নানবীরম্বগুম উরম্বা অদু উখিদ্রে, পুম্মন মমখ্রে। নোংঙাল্লমদাযগী অইংবা ফাউরকলবদা মীকপ থোরক্লে, অইংবা অদু কোক্লবা ফি লৈত্রবা তোঞ্জাওদো অদুম হৌগৎকললে।

তোঞ্জাও মচীল ময়া শেংদোকলে, মখুত্তা থাংজৌ অমা থৌরী অমা পায়দুনা লোয়বী চিংখোঙ তম্না

চৎখ্রে। মানা অসুম পন্দনা লাকপনা লোয়বী চীংখোঙ য়োরকলে, লোয়বী চীঙথক কাখরে। মানা নহানমখৈ সিঙচনফম অদু য়োরবদা ময়ামগী সিঙ চন্দফম ওয়বনা সিঙ অমত্তা লৈরমদ্রে। চাক চরা অনি চারকঙবগী মাবনে, চাং কারকপগী মাবনে থোবায়না হকচাংবু পুবদা মারক্লে। ওয়োকপনি— অবাবদা অবাবা ওইখ্রে, সিঙ পুদনা চৎলে চরা হেনবা তাবনা লোইবী চীংয়াঙ তাম্না সদো থোংনা কাবকলে। লাইকু অমদগী ফজরবা সিঙ খেঙনরে, সিঙ অদু চন্দুনা পোৎলেগ লাকসিন্দুনা কোক-থোঙ পুদুনা চাংখোঙদা কুমথরকলে। চীংখোঙ হেক য়োম্নবগা সিঙ কোকথোঙ অদু থাদুনা ঙাইহাক পোখারে। ঙাইহাক পুঙ্গোই পোখারুরবনী তুংদা চৎলগে হায়না সিঙ কোকথোং অদু থোঙ্গৎকে তৌবদা চোকথখিবনা খোঙ্গৎপা ঙমদ্রে, মতম অদুদা তোঙ্গাও হনুবা অদু অসিবা লাই বাংত্রেনবু কৌদুনা কপলকলে। অসুম তৌনা বাংত্রেনবু তোইন-তোইনা কৌদুনা কপলকলবদা, বাংত্রেন কৌনা অসিবা লাইস্ থাঙবা ঙমদ্রদুনা তোঙ্গাওগী মমাঙদা কোং লাওনা ফাওরকলে। হংলকই—"হাই নুপা। নঙনা ঐবু কৌবদি করিগীনো? ' অসাইমখৈ অসিবা লাই

বাংত্রেনবু কৌড়ুনা লৌসিনবীবো হায়না কপলম্রবা অত্তু, মযাংঙদা বাংত্রেন সিদবনা লেপলববদা সিবা তাবমনিনা সিবা কিবা মীওইমনিনা তোঙ্গাওদো মসা থক-থক মিকলকলে। হায়রকই—" ইবুঙো নঙবু কৌজবদী মবম অতৈগী নংচদে, সিঙ অসী থোঙ্গংপা ঙমদ্রে থর থোঙ্গং-পীয়ু হাযজংগে হায়রুনা কৌজবনি" হায়না খুমলকই। ব ক্রম অত্তু তাবদা বাংত্রেন লাই সিঙ্গা অত্তু থাক্ল-থাক্লা মোকলমলগা থঙহৌদনা মাঙখ্রে। রাংত্রেন সিদবনা হেক মাঙখিবদা ঙাসাইমখৈ থোঙ্গংপা ঙমলমদবা সিঙ কোক-থোং অত্তু লুক্রাকমুক যাংনা থোঙ্গংতুনা পবপ-পবপ চেলখি। ইম্সা! মীওইনা পোক্লবদা অরাবা কোঙ্গাই কংলবস্তু সিনিংবা লৈতে। অতোপ্পা রাবী অমা হয়েং লীরগে ঙসিগীদি মতাং অসিদা লোইরসি।



# লাইগী নোংদমখোল

ঈশ্বসা। ঈপু রাবী লীবগে তাবো। থাইমা মমাঙ-ঙৈদা খোইওই লমাঙদো'দা নুঙ তেঙ্গোৎ খেৎপা হনুবা হনুবী অনিথক লৈবম্মী। মগীৎ চুপা অমা নুঙ তেঙ্গোৎ খেৎলগা সনা কৈথেন্দা যোম্নপা চাজবা মতৌ-মনাওনি। নোংমতং তেঙ্গোৎ অদু সিৎলক্কবদা চরা হেন্নি। অসুম তৌনা নুঙ তেঙ্গোৎ খেৎতুনা মপুন্সি লেপ্লকপা অসী কুমলাং কয়া হোখরে, লোইদাম থাসিঙ কয়া চৎখরে। অদুবু মরাইবক্তদি কোয়রো নো মতম্ নোক্না লেনবা ফংজদে, থবক সুনা-সুনা চাবা ফংজদে। ওঘোকপনি — পুন্সিনদি নোংম-নোংমা হৌজিনখি, পুন্সিগা মতমগী খোংথাংগা ইরোইননা চৎমিন্নখিবনা পুন্সিগী অরোইবা লমথুংকমদি নোংম-নোংমগী নকসিন্নকলি। তৌইগুম্মনুং নুঙাইবা হায়বা লাইবক্তদি মিকুপ অমতংবু নকনবা ফংজদে।

অসুম তৌনা লেপ্লকলবদা হনুবা-হনুবী মতৌ মনাও অদু নুঙাইবা লাইগা নক্নবগী মহুত্তা অসিবা লাইগা মক্নবনা

হেন্না ফরে হায়না থল্লকলে। অসুম থোকউ হায়বা অসী মীওইবনা থংবগী য়াংমদা লৈবা পোৎসক অমনি। নোংমগী সুমীৎ অমদা হনুবা-হনুবী অনিনা মুওজাও অমা থুপায়রগা মুঙ তেঙ্গোৎ খেৎনবা হোৎনরুবদা, মুংজাও ম চুগী মনুংদা তীঙ্গোং হায়বা তীল অমা মুঙ অচুগী মনুংদা য়াওরম্বা থেংনখি। তীঙ্গোং অচুনা মুঙ অচুগী মনুংদা করি চাদুনা হিংলিবনো হায়না হনুবা-হনুবী অনি অচু য়াম্না কুপনা নৈনরে। য়াম্না কুপনা নৈনববগী তুংদা মখোয় অনিনা য়াম্না থাজবা য়াথল অমা ফংলে, তীঙ্গোং অসীনা হি লিবা অসী লাইগী নোংদমখোন্ননি। মরম অচুনা হনুবা হনুবী অনি অচু থবক সুবনদি চাবা ফংদ্রে, থবক সুতনা লাইগী নোংদমখোল য়েংলসি হায়দুনা থবক থাদোকতুনা মাগী মাগী ফমুংদা হিপতুনা লৈনখরে।

অসুম তৌনা চরা হেন্দুনা ল্যাইগী নোংদম চাইদুনা ৫/৬ নি থাওলকলে, সিবা য়াবগী ফিবম ত্রৌশিল্লকলে। মতম অদুদা হনুবা-হনুবী অনিনা লাইগী নোংদমখোল হায়বা অদুদা থাজবা থম্মনা লাইদা করা চারকলবদা মখোয় অনিনা সিবা থোকলবদি লাইগী মতিক মথাই হৎপা তাবনা লৈমরেল ঈসাইফু মনু দান্নসনা পিক থন্না

হাপতুনা থম্মীরে। হনুবা অদু অরাম খোরা বনা খাওবা ওমদ্রদুনা হনুবীদা ঈশীং খজিক্তা পীথকউ হায়রকই। হনুবগী রাফম অদু তাবদা হনুবীনা কাও খোঙ্কেলমুক্তা চাওনা হায়রকই—"হনুবা! নঙনা অবাম খোবাংবা অদুমনা ঐসু অবাম খোবাংবনা প্রোক প্রোক চাকলবনি, নহাক সল সাদুনা চৎলগা লৈমবেলগী ঈসাফুইদগী ঈসিং অদু চেপথরগা থকউ।' হনুবীগী রাফম অদুমক হনুবনা সল সারগা চৎলগা ঈসাইফুদগী ঈসিং থক্কে তৌরুব্দা সনা-না ঈঙাং ঙাংনা কৈথরকলে।

মতৌ অদু উবদা হনুবনা হায়রকই—"হাই হনুবী! সনা ঙাক্তা ঈসাইফুদগী তারকলে, য়েংঙোরাও" হনুবী হৌগৎতুনা চৎপা ওমদ্রবা অদুনা চৈমুক কন্দুনা হৌ-গৎলকলে, ঈসাইফুদগী হৈথবকপা সনা মযাম অদু নিংথিজনা লোইসিল্লে, চাক ঈশিং থোংদুনা মতৈ-মনাও চামিন্নরে। অসুম তৌনা হনুবা হনুবী অনি অদু থওহৌদনা পুন্সিগী মমৈদা ইনাকখুনবা ইমুং অমা ওইদুনা নুঙাই-য়াইফবা হায়বা অদু ওইখি। অদুনা ঈসুসা! কনা লাযরবা লাইবক থীবা অমা ওইরবসু লাইবু চেংনা থাজরবদি নুঙাই-য়াইফবা ফংবা ঙম্মী। নখোয় পুম্নমক্তা

লাইবু চেংনা থাজো. লাইগী নোংদমখোল সোযদনা কংগনি। তৌবদদি মীওইবগী পুন্সিগা থাদোক্লবা য়াদনা পকতুনা লৈ হায়বগী "থবক" কৌবনি, থবক্কা লোযন-লোযননা লাইবু থাজবা থগগদবনি। ঙসিগীদি মতাং অসীদা অমুম লোইরসি, হয়েং রারী অমা অমুক লৌরগে।

---

## হুংসিবা কনানো

তাবো ইস্সা। ঈপু রাবী লীবগে। থাইনা মমাঙ্গৈঙদ উমং অমদা য়ুম তাদুনা ইমুং অমথক্তা লৈরম্মী। ইমুং অদুদা মমানে মপানে, মচানে মখোয় অহুম থক্তা লৈরম্মী, মখোযনা উমং অদুদা পাল্লিবা উহয়-রাহৈসিং অদু মনিং তম্না হেকতুনা চাবম্মী। উমং অদুদা হুণ্ডাইনা চাইনা হুন্না পান্দুনা চানিংবদা চা, থকনিংবদা থক

তোঙুনা নুঙাইনা পুন্সি লেল্লম্মী। মখোয অসে মীয়ামগী মরক্তা লৈরম্বা মতমদা লায়রবগী মৈচাক খাংবা ওমদঙুনা উমং ব্রামংদা অফংবা উহৈ রাহয় চাঙুনা লেল্লুরগে, হায়না খুঙ্গং থাদোকতুনা উমংদা লৈখিবনি। উমংদা লৈখিবদগীদি উমং লাইরেম্বীনা মখোয়গী পুন্সি থাকপীগ্রবনি। মরম অদুনা মীচঙ-মীখায় নায়রবা খুন্নাযদা হল্লকতুনা লৈরবা হায়বা অদু অকিবা অমা ওয়না থনখি, অমুক হল্লতুনা খুন্নায়দা পাল্লখিগে হায়বা রাখলগা মখোয়গা য়াম্না লাপনখ্রে।

যারবদি উমংগী মী ওইনা লেল্লগা মখোয়গী লাইবক থীরে থনখ্রবা মপুন্সি অদু উমংদা অদুম লোইসিনখিবা হায়বা ব্রাখল অসীনি। অদুনা ঈশ্বসা! ফিগা পৈরবা, অতোনবা লায়রবসিংনা লৈহৈদ্রবা খুন্নায়দা লৈবা হায়বা অসী অরাবগী মসক অমনি। অদুমনদি ওইরবসু মপু গাগী মীত্রংগী কুমহৈ অসীবু পাক হেক থাদোকতুনা থোৰায থাদোকপা ওম্বা হায়বা অসীদি ওমহৈদবা লাইরা অনগুম্বনী, ওইথোক্কে। মরম অদুনা মপা-মচা, মতৈ-মনাও মখোয় অহুম্না উমংগী মহয় মরোং চাঙুনা মপুন্স রোকলিবনি। অদুনা মরোলসু থোকত্রবা লেমলৈ ঙাসি না মথোরায়

নুংসিব, অমসুং পামমুবনা মখোযবু ফারগা চাবা ওন্বা মীওইববু উযগা কোব:চল চেল্লিবনি। সাদানবগী লাংদা থুরবা য়ারৌ স্না অদুনা মথৌরায়বু নুংসিবা অমসুং পামমুবদগী লাং অদুদগী নানথোকতুনা চেনখিনবা চোং-ফন্দুনা লাং অদু থদৎনবা হোৎনরিবা অদুনি।

অদুগুম্না মীচঙ মীখায় নায়রবা, ফিগা পৈববা খুন্নায়দগী নাম্বোকতুনা চেল্লকলগা উমংদা লৈদুনা উমং লাইরেম্বিগী খোমলাং থক চাদূনা হিংলিবা মপা-মচা, মতৈ—মনাও মখোয় অহুম অদুসু মথৌরায়বু নুংসিবা অমসুং পামমুবনা উমংদা লৈবিবনি। অসুম তৌনা থৌরায় পালবা পুন্নমক্না থৌরায় পাম্মুবা অমসুং নুংসিবা হায়বা অসীমক্তনা অরাবনা নৈহৎলবা পুন্সি লমসাঙ অদুবু কাওথোকতুনা, মিকুপ অমতং নুঙাইজবা রাখল অদুনা পুন্দুনা হিংবা ওমলিবনি। ঈসুসা! মীচঙ-মীখায় নায়রবা, ফিগা পৈববা খুন্নায়দা লৈবা ওমদ্রক্তনা উমংদা চেন্দুনা খাঙজরবা মপা-মচা, মতৈ-মনাও মখোয় অহুমগী অরাবা লাংফম (দশা) অমা লাক্লে। মখোয়না লৈরিবা উমং অদূ হিংচাবা অমনা কোন্দুনা লৈবা মফম ওইরম্লে। কৈ কিদুনা চেল্লগা সওন ওকনৈ কায়বা রাক্ষম

অহু মখোয় অহুমদা থোকলরে। উমং অহু কোল্লিবা হিংচাবা অহু মখোয়গী মনাক্তা লাকলে, হায়রকই— "নখোয় অহুমগী মরক্তা অমা চাবা তারে।" রাফম অহু তাবদা মতৈ-মনাও খন্নরগা নুংসিরবা মচা অহু হিংচাবদা পীথ্রে, হিংচাবনা চাথ্রে। অসিগুম্বা ফিবম অসা লাকলবদা কিদুনা চেল্লকলবা খুন্নাযদা (সমাজ) অমুক হন্নিংলকলে, অসুন্না খন্দুনা লৈরকপসিদা নুংশিরবা মচা অহুসু হিংচাবদা পীজথোকখ্রবদা মখোয়না খুন্নায়দা অমূক হল্লুহ্নুনা নুংঙাইফম লৈগদবা লৈত্রে, মখোয়বু হিংচাবগী মথুক্তা মথৌন্নায থারগে খন্দুনা অহুম্মক উমংদা লৈরে।

অসুম তৌনা মতম কয়া লৈরকলবগী মতুংদা অমুক হন্না লাকলরোইদোবোই খন্দুনা নিঙাইদনা লৈরুরবদা হিংচাবা অদূ অমুক লাক্লে, হিংচাবা অদূনা হায়বকই— "নখোয় অনিগী মনুংদা অমা চাবা তারে" হায়বক্লবদা, পাঙ্গল সোঞ্জবী নুপী অদূনা মপুরোইবদা কন্না কোন্দুনা খাংজরে। অদূবু মপুরোইবা অদূনা মাগী নুপীবু হিংচাবদা লাকত্নুনা ইনসিনখরগা মাদি হান্নগী খুন্নায়দা অমুক চেল-সিনখরে। অদূনা ঈসূসা। মচাদগী মতৈ মনাও হায়বা

অসীনা অমুক নুংশিনবা হেল্লি, মতৈ মনাও নুংশিনবা থাক্তগী মসাবু নুংশিবনা হেল্লি। মরম অদুনা নুপা অদুনা মচা অমসুং মাগী নুপাবু হিংচাবদা পাঁজথোকলমলগা মসা হিংনবা চেল্লকইবনি। মীওইবনা অমগা অমগা নুংসিনৈ হায়রিবা অসী নুংসিনবা নত্তে, পাম্নবনি। নুংসিবা হায়বা অসি.দি মসানা মসাবু নুংসিবা অদু নত্তনা লৈতে। ঙসিগীদি মতাং অসাদা লোইরে, মথং হয়েং অমুক লারগে ইসুসা!

---

## মরুপ অনি

তারো ঈসুসা থাইনা মমাঙঙৈদা তেম্বা কৌবা অমগা চাওবা কৌবা অমগা অনি যাম্না চান্নবা মরুপ ওইরম্মী। তৌইগুম্মসুং মখোয় অনি যাম্না চান্নবা মরুপ ওইরবসু মবানিগী রাখন্দি ঈশিংগা থাওগা তিন্নবগুম্বনি। মবমদি—তেম্বনা লাই থাজবনি, চাওবনা লাই থাজদবনি। অদু ওইববসু মরুপ ওইবগী নুংসিনবা মীযাম্না তমজনিঙাইনি। মখোয় অনি ঙাইহাক্তং উনদবদা ঙাওনববি,

হৈ মচেং অমতং লৈবদা মতোম-মতোমদা চাবা হৈনদে, সেৎন থাইনা চামিন্নে। অমুক লুনা চান্নবা তিমরবসু রাখল নাইতোম হিহোন্নবা অচৌদি মীয়ামা উবা ওমদে, মখোয় অনিদনা উনবনি।

অওকপনি, রাখন নাইতোম হিহোন্নবা অনিনা চান্নবা মওং অসী মপানথোংগী নুংসিনবনি, সউন্না কূপ্পা পুকপুদি কনানসু উবা ফংনবা নত্তে। রাখন মান্নবা মী মসেন ঙাক্তা নুংশিনৈ হায়বা অসীসু হেক্তা লৌবা য়াদে, সা-ঙা হাযবা অসী রাখন তোঙানদ্রবা ঙাক্তনি, অতুবু মখোয় মসেন চিকনৈ, রায়নৈ অমসুং কাউনৈ। তেন্বা অমসুং চাওবদি সউন্না কূপ্পা পুকচেল অমসুং রাখন্দবু তোঙান্নজবনি, মপানথোংগী মী মসেনগী নুংসিনবা অচুদি মীয়ামগী মীৎয়েংদা অপেনবনি।

অসুম ওইরবা মরূপ অনি অসী হেনজুনা লংফে চৎলম্মী। মখোয অনিনা নুমীৎ নিনিগী খোঙচৎ লাকলগা লোইবী চীং অমা যৌরজুনা চীং লম্নীদা লাকলম্মী। মখোয়না চীং লম্বী অগুম লাকপদা বাবজুনা পোখারম্মী, পোখাবা মতম অদূদা লাই থাজদবা চাওবনা কজরবা হৈনৌ অমুনবা অমা পুথোরকতুনা তংখায

থায়ঞ্জনা য়েন্নরম্ই। হৈনৌ অছু চারমদাইদা লাই থাজবা তেম্বনা হায়রকই—" হে তেংবালবা মপু! ঙৈবুঙো নওনা পীনবা হৈরাঙ অসী ওম্বোক্না হাওথ্রেদা " হায়রম্ই, লাই থাজদবা চাওবনা হায়রকই—" হৈনৌ অসী ঙৈথুৎমক্না থাজবনি, ইথুৎমক্না থাজবা হৈরাঙ নঙবু চাবদা ওম্বোক্না হাওথ্রেদা" হায়রকই। মতাং অসীদা মথোয় অনিগী সন্তন্না কুপ্না পুক্লিং অমসুং থাখন অছু উরেদো ঙৈসুসা।

অসুম্না মথোয় অনিনা হৈ চামিন্নবা লোয়রগা অমুক হৌগৎতুনা লাকমিন্নরে। মথোয অনিনা অসুম লাকপদা লম্বীদগী লাপ্তুনা লাইসঙ অমদা মীয়াম্না লাই খুরুমলম্বা অছু উরম্ই। মীয়াম্না লাই খুরুম্বা উবদা লাই থাজবা তেম্বনা মাগী মরুপ চাওবদা হায়রকই— " মরুপ ! ঙাইহাকতা পোথাবীরম্মু, ঐ লাই ঙাইহাকতা খুরমজ-রুথিগে " । চাওবনা হায়রকই—" নঙগী হৌনবী তৌরক্লে, খোংবাল্লাই তীনথাক ফাউবা খুরুমগে হায়রকলেদো। ফরে-ফরে খুরুম্মুরো, থর থুনা লাকউকো। মরুপ ! ঙাইহাকতং পোথাবীরম্মু ঐ থুনা লাকচগে" হায়রমলগা তেম্মদো লাইসঙ অছু তান্না চৎথ্রে, লাই খুরুমজরে। অসুম্না লাই খুরুমলুরগা হল্লকপদা সায় তীংখং অমনা

খোংপাকপা যুবনা খোঙনমদা ফাউবমখৈ যুরে, য়াম্না য়না তীংখং অদুসু সত্তোক্লগা ঙ্গ তপ-তপ তানা সেক-সেকতুনা লাক্লে। অসোমদদি কমদৌবি, চাওবনা তেম্ববু ঙাইদুনা ঙাহৌ ঙাকৌ চৎতুনা লৈবদা সনাগী সেল ময়েক অমা খুন্দুনা কাপ-কাপতুনা সাগ্রি। অদুম্না তৌবিঙৈদা তেম্বদো য়াম্না য়ানা মাগী মরূপ চাওবগী মনাকতা যৌরকলম্মই।

তেম্বগী মতৌ উবদা চাওবনা হংলকই—"মরূপ! কবি তৌরবগে?" তেমনা খুমলকই "মরূপ! সাম্না তীংখং অমনা যুরিবনিনে, ঐ য়াম্না বানা লাকলবনি। "অদুনিনে মরূপ! লাই হায়বা অসী য়াম্না ফত্তবনিনে, অদুনা ঐদি লাই নিংদ্রিবনি। য়েংঙ্‌উ, মরূপনা লাই খুবম্না চৎখিদ্রবঙৈদা সনাগী সেল ময়েক অমা খুম্লিবসে, মরূপতৌনা লাই থাজরমলবদি সনাগী সেল অসী ফংলমলোইদৌরনি।" রাকম অসী তাবদা, মীওয়না পোক্লগা লাইবু থাজবা হায়বা অসী তৌদবা য়াদবা থবক অমনি, অদুবু অচুম্বা তৌজরিবা তেম্বগী রাখন অদু চাওবনা হায়রিবা অসিবু চুমত্রা হায়না মওন-মওন খলহল্লক্লে। হায়রকই—"কবি মরূপ! লাই নিংজবা ঐবু

তিংখং য়ুহল্লে, নিংদবা মরুপনা সনাগী সেল অমা খুল্লে। মরম অদুনা ঐখোয় অনি সিদবা লাইনিংথৌগী মফমদা চৎলগা হংল্লুরসি, লাই নিংবগা নিংদবগা কনা-না চুম্বগে হায়বা অদু।" চাওবনা হায়রকই—"ফরে মরূপ! হংনরুরসিনে, লাইনতুম সাওতুম সাওরকনি।"

অসুম্না মখোয় অনি সিদবা লাইনিংথৌগী মনাক্তা চৎখ্রে, লাইনিংথৌগী মনাক য়ৌরে। মখোয় অনিনা তোরকইবা পুম্নমক উবাহৈবা সিদবা লাইনিংথৌনা খঙই— "হাই নুপা অনি! নখোয়না ঐগী নাক্তা লাকপদি করি হংবনিংই?" তেম্বনা মথুং লোন্নদুনা থুকম্না হঙংচৈ— "হে লাইনিংথৌ! সিদবা ননায় ঐদি ঈবুঙো নঙবু নিংজবনি, অদুবু ঈবুঙো নঙবু নিংজবা ননায় ঐবুদি সাব তীংখংনা য়ুহল্লি। মতুগা ঈবুঙো নবু থাজদবা মরূপ চাওববুদি সনাগী সেল ময়েক অমা থুলহল্লি, মসাগী অচুম্বা অমত্তা খঙজংগে হায়দুনা ননায় ঐখোয় লাকচবনি।" সিদবা লাইনিংথৌনা হায়রকই—'তাও নুপা অনি! ঐবু নিংজবা তেম্বা নঙদি নুমীৎ অদুদা তাঙজ লিলনা চিকতুনা সিযু হায়না ঐনা তম্বীখিবনি, অদুবু নঙনা ঐবু নিংজবদগী সায় তীংখং য়ুহল্লপা নঙগী পুন্সি কলবীবনি।

অদুনা সনাগী সেল অমা খুল্লিবা চাওবদি মাগী মরাইবক্তা ক্রোরপতি ওইজো হায়না তশ্বীখিবনি, অদুবু মানা ঐবু থাজদবদগী সনাগী সেল মযেক অমা খুন্দুনা ক্রোরপতি মাওজনবনি।" সিদবা লাইনিংথৌগী রাফম অসী তাবদা লাই থাজদবা চাওবা অদু লাই থাজখি, মখোয় অনিমক মপানথোংগী নুংসিনবগুম রাখল পুক্লিংস্ অমত্তা ওইদুনা লাই থাজমিন্নখি। অদুনা ঈস্বগা। লাইনা সেম্বীবা তাইবঙ পালবান, লাই থাজবা হায়বা অসী খক কাওফদে। মখংগী রাবীদি হয়েং অমুক লীরপে।



## লুখ্রাবী মচা কতন

তারো ঈস্বসা! লুখ্রাবী মচা কতন কৌবা অমা লৈরম্মী। মমা লুখ্রাবীনা মচা নুপা কতনবু ফোস্নু লওদুনা রানা থাকলম্মী, কতন হায়বা মচা নুপা অসীনা তনবসি হায়নিঙাই লৈতনা তলম্মী। অমুক য়াহৌবদা পুঙ ৭।৮ তাবগা য়াহৌই, অদুগা রাকতং অমা পায়দুনা

হিদাক হাল্লগা থকতুনদা লৈ। নুমিৎ চুপ্পা হাকাম বা-রা চন্দুনা রাকত অদু িংজুনদা লৈ। নুমিদাং রাইরম ঘ্নৌরগা ফিজাও অমা ইন্দুনা সোরো-সোরো চিংজুনা লৈকাই কোয়জুনা মথূমদা হজ্জিনগনি হায়বা খঙদে, খেঙনা হজ্জিল্লকপগা মমানা অফ বা থরদং থোংজুনা থনম্বা চাক অদু চারগা লুখাক অদু অদুম থনম্লগা কমুংদা তুম্মখি। অসুম তৌনা মমাগী মতেং খজিক্কা পাংবা নৈতনা মোত্তাই শুদাইনজুনা তবংদা তাওজুনা কোযংথনজুনা লেনবা কতনগী মওং অদু উরগা, মচাগীদমক্তা হিংহৌগদবা পুগি অদু থক্লুবদা মমা অদু নোংম—নোংমগী অরাবা হাপকংলি। অসুম তৌনা লেল্লকপনা লুখ্রাবী অদু লাইমল ওইজুনা অনাবা অমা ওইরকলে, ফৌসু লঙবা ঙমলকত্রে। মতম অদুদা মমানা পুসিল্লগা চারম্বা অজুনা মমানা নাজুনা লৈগ্রবদা মমা মচা চন্না হেল্লে। মতাং অসী য়ৌ-রক্লবদা কতন অদু মওন-মওন থল্লক্লে, কবম্বা লৌসিং অমা তৌরগা সেল তানসিগে হায়বা থৌবাং তৌরক্লে।

মহাক লাইফাউ পীবা পণ্ডিৎ অমা সাগে হায়বা রাখন অমনা কতনগী কোক্তা তোইনা নোংথাও কুপলক্লে। মানা অহিং অথেংবদা মুমথোঙ খুদিংদা চওজুনা অবৈবা

লাঙ্গোল মখৈ খোমদুনা অসো·বা নারক অমদা লোৎ-সিল্লুরে। নোং হেক ঙালবগা লৌমী পুম্নমক্না সম্পোৎ খোয়বা চৎলগে হায়না লাঙ্গোল থিন্নরকপদা লাঙ্গোল অমত্তা ফংনখিদ্রে। মরম অদুনা থুল পুম্না হৌদুনা থুন্দিন্নরে, হন্দক্কী লাঙ্গোল মমাঙ অসী অঙকপনি হায়না খন্নরে। লাঙ্গোল মাঙলিবা অসীগী মরীদা কনানসু লঙজিন অমত্তা ফনদ্রে, মহৈ—মহৈ ফুম্বওনবে। মতাং অসীদা লুখাবী মচা কতন অহু অতনবগী হৌনসা পোমফি সেগাইবা অমা ইন্দুনা থুন্দিনরিবা মফম অহুদা চঙলক্রে। ময়াম্না খন্নরিবা বাফম অহু মুন্না তাদুনা লৈ, বাফম অহু তাবদা কতননা হায়রকই— "ঐখোয়গী থুলগী লাঙ্গোল মাঙলিবা অসী খেন অমত্তং য়েংসি।" য়াফম অহু তাবদা মীয়াম্না ৱা লাওনা নোকই, নোকলিবশিং অহুগী মরক্তগী অহন অমনা হায়রকই— "লৈপাক মচাসা। থাজদবা ফুমদা লেমলৈ ঙা পকই হায়বা ৱা লৈরনি। অদুনা কতননা করি থঙবগে হায়বা অহু অমুকতদি তাথিসিদনা।"

ময়াম্সু অহল অদুগী ৱা অদু হোয়ারদুনা কতনবু খেন য়েংনবা হায়রকই— "ঐনা খেন য়েংবদা মাঙব্রবা

লাঙ্গোলসিং অদূ ক'বা খোক্লবদি মবাম্না খায়নজ্লনা ফৌ লাইতং অমমম পীবিয়ু।" মবাম্না হায়রকই— "নওনবু খেন য়েংবদা চুম্নবদি য়ুংথোঙ থুদিংগী ফৌ অদু খায়নদূনা পীগনি।" রাফম অসা যানহনবদা কতন-না মথুক্তা লাইরা সোনসিন্নরে, মখুৎনা নৈপাক্তা খোবী খোৎলে। মানা হায়রকই— "লাঙ্গোল পুন্নমক ঐখোয়গী খুন্দোনগী লমহাও ওইনা লৈবিবা নারক অদুদা লোইনা লৈবা উবে. ময়াম অমুক্তা য়েংবীরু।"

ময়াম অদু থাজ-থাজতনা য়েংবা চৎনরে, কতন-না অহিংদা লাঙ্গোল পুন্নমক থনমলবনিনা লাঙ্গোল পুন্নমক অনত্তা চিখদনা লৈরয়লে। মদু উবদা খরনা থাগৎনরে, খরনা কতন না লাঙ্গোল পুন্নমক লৌদুনা লোৎপ ওইমগদ্রা হায়না খন্নবে। অদূম ওইনমক কতন হায়বিবা নুপা অসী তনবদা মসাদা ইলিবা ফী অদূ নৈপাক্লো সোরো সোবো চিংলবা ফাওবদা ফিজি অদু হাইগৎপা ওনবা নুপা অমনি. মানা লাঙ্গোল ময়াম অসা পুদুনা লোৎপা ওইখোক্তে হায়না খয়রুবদা থাজরমদবা কাওবুগু চুম্মা হায়না থাজনরে। ময়াম্না পেন্নদুনা ফৌ খায়দূনা কতন্দা পাবারে, কতন অদূ চনা হেন্দমগা মবাবা অদু

কোকচরে। কতন-না মমা অনাবদা হায়রকই— " ঈমা। নও ৰূরিমত্তা রারিগনু, ঐনা ঈমা—ঈচাগী রাত্তনবা হোৎনরগনি। ফৌ ময়াম অসা ঈমা-ঈচানা চহি অসামা চাবসু ওম্লরোই, লৈকাইগী লাইরব। তমদা ফৌ সুবসু লেকথাকাগ। ঈমাগী অরাবা পুন্নমক অছু নপুনসি লোম্বা ফাউবা থাদনবা হোৎনগনি।" মচাগী রাখন্না অনাবা ওইরবা মমাদা মচাগী অওকপা থোরাং ঊববদা নোংম নোংমগী অনাবা ফগৎলকতুনা হান্নগুম কলে। নুঙাইজবা ফংলে।

কতন-না মাগী মনিং মপুঙ ফানা সন্দোক্কে খল্লকলে মখোয়গী থুল অছুগী ওইবা ঈসিং য়োকফম ওঈবা ঈয়াংকোন ( পুখ্রি ) অমা খুন্না তৌতুনা লৈরিবা কুমগী নোংনা ঈশিং তুংবদা ওইরিবা ঈয়েক্কোন অছুদা ঙাক্রা ১০০ লৈতুনা থাদরুরে। নোং ঙাক্লগা মাগী মরুপ মপাং-সিংদা মাগী লৌনম লাইফাও পারে। "ঈকোন অসাদা ঙাক্রা ১০০ থক লৈরে ঈসিংলগা ফাক্তুনা চাক চানসি " হায়রে। রাফম অসা তাবদা মাগী মরুপ মপাংসিং অতুনা হায়রকই— " মরুপ কতন। ঈকোন অহনবা অসাদা কদাংদগী ঙক্রা লাকতুনা লৈরুগদগে।" রাফম অসা

তাবদা কতন-না হ য়রকই— " ঐগী ল।ইফ।উ সোয়দবনি, মমাঙউঙেদা লা.ঙ্গাল ময়াম ফংখিবত্রু কাওরবরা ?

রাফম অত্রু তাবদা কতনগী মরুপ—মপাংশি· অত্তু কতনগী লাইফাউ চাং ঝেংনিংলে, পন্দনা ঈকোন অত্রু ঈসিৎলে। কতন-না হান্না ওাক্রা ১০০ থাদগ্রবনিনা মসিঙ অমৎতা রাৎতনা লৈরম্লে। অস্রুম্না কতন না সান্নরকপা থৌরাং অসী মায়াম্না কতনগী লাইফাউ চূম্মী হায়না সন্দোরক্লে। লৈপাক পুম্না কতন বু মসক খঙনরক্লে, লৈপাক থুংনা মমিং চৎলকলে। অস্রুম তৌনা কতনগী মমিং চৎলকপা অসীনা লৈপাক রা.মা লান্না খঙনম্রে।

কতনগী মমিং অসিনা লৈপাক কয়ানা খঙনরক্রবদা, মুমলোম্নবা লৈপাক কাছারদা ঈকং থোকতুনা অরাবা তারক্লবদা কছারগী নিংথৌনা কতনগী লাইফাউ তানিংলে। মবম অত্তুনা কতনবু কৌরুনবা মবৈপাক্কী মী থারকলে, কতনগী মফমদা চঙলকলে। কতনগী মফমদা কাছার নিংথৌনা লাকপীনবা হায়রকপা রাফম তমলে। রাফম অসী তাবদা কতন অত্রু হুমাং অনগ্গী কাংগ্রে, মাদি তনবদগী অরোলবা থৌরাং কয়া সান্নবগা পণ্ডিৎ সাজবনি।

অদুবু লৈপাক মমাঙদা চোঙ্গা তাবনিনা মহাক কছারম্ন চৎলগা লম্বাদগী লোন্না চেলহৌগে হায়বা রাখস তোরক্লে। হায়বকই—"কছারগী নিংথৌ মনায়সিং! নখোয়না ঐবু দোলাইদা পুরো চৎলসি" হায়দুনা দোলাইদা তোংদুনা চীং লম্বীদা খোঙসাল্লকলে। অমুম লাকপনা চীং লম্বী তঙখায় চল্লক্লে, মতাং অদুদা কতন চেল্লগে হায়না থল্লক্লে। কতন-না দোলাই অদু থাখো হায়দুনা থাহল্লে, দোলাই থাববদা "ঐ অমুক্তা খোঙ হামম্নুখিগে" হায়বমলগা নারক্তা চঙসিনখ্রে। নারক রৌবদা চেল্লক্লে, থর চেল্লগা সুক্লবা উংখোঙ অমদা ঙাইহাক পোখাদুনা লৈরিঙৈদা উখোঙ অদুবাইদা হঙোই মতৈ মনাও অনি ঋারা সারম্মী। হঙোই অমোম অদুনা হঙোই লাবদা হংলম্মী—"ঈবুঙো! লাইজ ঈথৌ লাংবনা থাংবা ওমক্তে নোং অসাবু কৈদৌঙৈ তাগদগে?" হঙোই লাবনা হায়-রকই—"রারগনু ঈবেম্মা ওসি ৪ নি সুবদা নোংনা মীৎ-মায় পাংবা ওমদবখে তারগনি।"

রাকম অসা তাবদা লাইগী নোদম অমা কলে থন্দুনা কতন অমুক হল্লকতুনা দোলাইদা তোদুনা খোঙসানখ্রে! অমুম পন্দনা লাকপনা কছাব নিংথেম্প

কোন্নুং য়োৱক্লে, কতনবু পণ্ডিৎ অমনি হায়বগী ইকাই খুম্নবা উৎখি। কতনগী চান-থক্লবা ফজনা হোৎনদুনা পীজ-পীথক তৌখি। পীজ-পীথক লোইরবা মতুংদা ঈকং থোকপগী অৱাবা নংলবা মীয়াম ফুজিল্লকখি। মীয়াম পুন্নমক্লা কতন পণ্ডিৎকী লাইপাও পীবীনবা হায়জরম্মী, মীয়ামগী ৱাহয় তাবদা কতন না হায়রকই— "ৱাবীবগনু মীয়াম পুন্নমক! হংচিৎ সোয়দনা নোংনা মীৎ-ময়য় খঙদনা তারগনি।" ৱাফম অদু তাবদা লৈপাক থুম্ন য় পুন্নমক মপুক্লিং হরাওনা হন্নখ্রে। কতন্দি হঙোইগী মৱা অসা চুমদ্রবদি মাঙলেদকো হায়না ৱাখল ফুম্বঙননা লৈহৌরে। মতমগী কাংখোঙনদি লেপহৈদবনা মতম অমুম হৌখিবনা হংচিৎ হায়বা মতম অদু ওইক্লে, নুমীৎ মুংবা ফাওবা নোং তারকত্রে। কতন মথোৱাম ৱারকলে, তেংবালবা মপুৱু থম্মোয় নুংদা চেৎনা থাগোম্নদুনা হীবী (তপ) কোঞ্জরে। পুঙফম্না সুরক্লবদা নুমীৎ যুংবা মতু-পুঙখায় অমা তাবদা মঙকপা ফংনা নোং চুবকলে, ঈকোন-খো বান-তুরেলনচিংবা পুন্নমক ঈসিং থন্না তুংলে অমদি লোবুক পুন্নমক ঈসিং চোন্না তুংদূনা লোউ-সিঙউবা য়ারে। লৈপাক নিংথৌগী অৱাবা কোকলে, লৈপাক নিংথৌনা কতনবু ওমথৈ লৈতনা থাগৎনরে।

নিংথৌন্য মনা মথম ওইনা কতন্ম পণ্ডিৎতা সনা খাজ্জাও অনিখক পীবীরে, লোযননা দোলাইদা অমুক মীতৈ লৈপাক যৌনবা খিনহল্লকলে। অসুম তৌনা কতনগী লৌসিং থৌনাদা লাই তোংখিডুনা সেঙ্গাও পায়বা মুপা অমা ওইরক্লে, মমিংসু লৈপাক কয়ানা শক খণ্ডনরকলে।

কছাব লৈবাক্তা ঈকংগী অরাবা থোকপগুম বর্মা লৈপাক্তা নিংথৌগী সনা উপু মরিখক মাঙখিবগী থৌদোক অমা থোক্লে। মরম অদুনা থৌদোক অদুগী লাইকাউ খণ্ডননবা কতন পণ্ডিতপু কৌকনবা নিংথৌ মনায় অদুমখক থারকলে। নিংথৌ মনায় অদুম অদু পন্দনা লাকপনা মাতৈ লৈপাক য়োরকলে, কতনগী মযুম থিরকতুনা কতনগী মযুমদা চঙলকলে। বর্মা নিংথৌগী মনায়সিংনা কতনগী মফমদা নিংথৌনা লাকপানবা পীরকপা চেপাও (চিঠী) অদু পীরে। চেপাও অদুগী মতুং ইন্না কতন পণ্ডিত বর্মা চৎপা তারে, সিরবসু চঙলবসু চত্তবা য়াত্রবা মতাং থোকলকপনা লাই নোংদম য়েংলগে খল্লে। মরম অদুনা বর্মা নিংথৌগী মনায়সিং অদুবু দোলাই পুরুন্দুনা বর্মা তম্না খোঙসাল্লকলে, চীং লম্বীদা লাকপনা

বর্মা তম্পাক উরক্লে। মতম অসীদা মথোবায় রারবা কতননা মত্তোমদা মুকুম-মুকুম সোল্লকই—" চেংবা কাবগা কা, কুমমগা কুম হায়না। রাহম অডু তাবদা দোলাই পুরিবা নুপা অনি অডু নিংথৌগী সনা হুরালবা ওইবনা পাখংতুনা দোলাই থারগা কতন পণ্ডিত্তা হায়রকই— "পণ্ডিতনা হান্না ঐখোয় অনিবু মিং হাযদোকপীবে, ঐখোয় অনি থৌরায় মাঙবা তারে মিং অসীদদি হায়দোকপীগনু।" কতন রাখন লর্গাজিন অমা ফংলে, হায়রকই—" নখোয অনিগী নমিংবু করি কৌবগে ?" মখোয়না হাযরকই— " ননায় ঐখোয় অমনা চেংবা কৌই, অমনা কুম্মা কৌই।"

" ফরে অডুদি -নখোয অনিগী নমিং হাযদোকপীরবোই, নখোয় অনিনা সনা উপুসিং অডুদি কদাইদা থম্মী? পণ্ডিত! নিংথৌ কোনুং মনুংগী চীংখৈ ঈকোন্দা থাদজুনা থম্মী।" "ফরে চৎলসি দোলাই থৌগংলো" হাযজুনা দোলাই থৌগৎতুনা খোঙসাল্লকলে। পন্দনা লাকপনা নিংথৌ মনাক যৌরকলে, নিংথৌনা কতন পণ্ডিতপু হরাওনা ওকলে, ফজনা পাজ পাথক তোরে। অসীগী মতুংদা সনা মাঙখিবগী মরমদা লাঙ্কাউ পীনবা

নিংথৌনা কতন পণ্ডিত্তা হায়রকই। কতন পণ্ডিতনা মমীৎ উইসিন্দুনা মুকম্ম-মুকম্ম সোম্নগা হায়রকই—"হে নিংথৌ! সনা উপুসিং অদুদি কোনুংগী চীংখৈ ঈকোন্দা লৈরে।" ৱাফম অসী তাবরবদা নিংথৌ মনায়শিংনা ঈকোন্দা কুমথুনা থিবদা সনা উপু মরি অদু ফংলে, নিংথৌ অদু হবাওবগী ওমখৈ লৈখিত্রে। নিংথৌনা বাহং তৌরকই—"পণ্ডিত! সনা হুরালবা মীসকসিং অদুদগা তাকপীয়ু।" কতন পণ্ডিতনা হায়রকই—"হে নিংথৌও! হুবালবা মীগী মমিং হায়দোকহৈদে, লাইনা ৱাদে।" ৱাফম অসী তাবদা মথৌৱায় ঘাদুনা লৈরম্বা চেংবা-কুম্মা অনি অদু মথৌৱায় নুঙাইজরে। নিংথৌনা কতন পণ্ডিত্তা মনা ওইমা সনা খাওজাও অমা পীবীরে, লোয়ননা কতন পণ্ডিতপু নিংথৌগী মনায় মসলসিংনা মযূম তাম্না খিন্দোকলকলে। অমুম তৌনা কতন পণ্ডিত অদু অতনবা মী অমা ওইরবসু মপু মানা তম্মীরকপা মরাইবক্কী পোৎরোম অদু কতন্না ফাকতুনা চাজবনী ঈমুসা। তৌইগুম্মসুং কতনগুম্না তনবা তৌগনু, মী থুদিংমক কতনগী মরাইবক ওইগদবা নত্তে। ম.ওইবগী পুন্সিগা থবক্কা থানবা ৱাদনা পকতুনা লৈ হায়বগী "থবক" কৌবনি হায়বা অসী থক কাওক্ফবোইদৌবনী ঈমুসা। মথংগীদি হয়েং অমুক লীবগে।

# লৌসিংনা হুরালবা ফাবা

তাবো ঈস্তসা। ঈপু রারী লীরগে। থাইনা মমাঙওঁদা ইনাক খুল্লবী লুপ্রাবী অমা লৈরন্মী, লুপ্রাবী অতুনা মচা মসু অমত্তা লৈতবনা মীগী মচা কয়া য়োকই। অদুবু মীগী মচা য়োকপা হায়বা অসীনা লুখ্রাবী অতুগী মরল-মথুম হুরানবগা হেক্তা চেলখি। মরম অতুনা মীচাবোক য়োকপা হাযবা অসী হুমূক থাতুনা মতুংদা অমুক মীচাবোক অমত্তা য়োকখিদ্রে। লুখ্রাবী অতু মরল-মথুম কনা য়ামনা লৈববসু পোথাতুনা লৈবা হৈতে, মকৌসাগী হৈনবকপা থবক থক থাদোক্কে। মোইথাপ নাযবা, ফিসা-লোনসাবা তৌদূনা লৈ। অসুম তৌনা পুন্সি লেন্দুনা অহিং অথেঙবা কাউবা মোইথাপ নায়দুনা ফিসা-লোনসা তৌদুনা থেঙনা-থেঙনা তুম্মী। থেঙনা তুমলগা থেঙনা হোগৎপা লৈতে, মাগী নুভিগী মতম কায়দনা য়াহোই। লুখ্রাবী অতুগী মতোর নুপী পুন্নমক্তা তমজনিঙাই ওই।

মীওইবা থুন্নায় অসীগী তমজনিঙাই ওইবী লুখ্রাবী অসীবু মীশম্ কযানা থাগৎনৈ, মচা মস্ত ৱারৎপদা (ৱাবক মাগী মতৌ তম্মু হায়্নি। অদুবু মীওইবা থুন্নায় অসীদী মী মখন কয়াখুক্তা ওইবনিনা তমজনিঙাই ওইববী লুখ্রাবী অদুগী মবল মথুম হুৱালগদৌবগী হোৎনবসু কোঙাই অমনি। পুকচেল থীরবা তমথীরবা হুৱালবা নুপা অমনা লুখ্রাবী অদুগী মবল-মথুম হুৱালগদৌবগী মতাং চাবা য়েংস্না লুমদুনা লৈ। অসুম্না হুৱালবা অদুনা নুমীৎ খুদিংগী লুমদুনা লৈবসিদা, লুখ্রাবী অদুনা মাগী অবোনবা নুপা অমা লৈবগী মওঙদা নুতি খুদিংগী হিপলমদাইদা হায়—' ঈবুঙো ! মীৎ খর সিংবীয়ু হুৱাল চীঙ্গী-লাকনি, ননায় ওংবাসু হিপচরগে ” হায়বা ৱাহৈ অসী হুৱালবা অদুনা নুমীৎ খুদিংগী তাবা অদুদা নুপা অমা অহিংদা লেকপ হেক-হেক লাকপোইরে হায়না খন্দুনা হুৱালবা চঙবা সুকওম ওমদদুনা লৈ। থাঙ্গৈসেংবদি লুখ্রাবী অদুগী অরোলবা নুপা অমা লৈবা নত্তে, হুৱাল চীঙ্গী কম্বাদগী ঙাকথোক্লবা ৱাহয়নি।

নোংমদি হুৱালবা অদুনা লুখ্রাবী অদুগী অরোনবা নুপা অদুদদি মসক খঙলগে হায়দুনা নুমীৎ তাদ্রিঙৈদগী

হৌনা লুখ্রাবী অহুগী ইংখোল অসোংবা নারক অমদা লুমহুনা লৈরে, লুখ্রাবী অহুগী লৌশিংদনা নুপা অমা লৈবা ম্যানহনবনিনা কনাম্ব লাকপা উংদ্রে। লুখ্রাবী অহু নুমিদাংগী চাক তোকতুনা মোয়থাপ নায়হুনা লৈ, হুরালবা অহুনা অরোনবা নুপা অহু থেঙনা লাক্কদ্রা হায়না লুবদূনা লৈরি। নুমিদাংগী পুঙ ১১ রোম তারকপা ফাওবা কনা অমত্তা লাকত্রবদা লুখ্রাবী অহুগী য়েনখাদা সগুন তৌদূনা চঙলগা য়ুমগী কাচিন অমদা লোৎতুনা লৈরে। অশুম্না হুরালবা অহুনা কাচিন্দা লুমহুনা লৈবা অহু লুখ্রাবী অদুনা হেক হিপথরকপদা কাচিন্দা লুমদুনা লৈরিবা হুরালবা অহু উংরে। মরম অদুনা লুখ্রাবী অদুনা পাইরক্কী লৌসিং অমা তৌগে খল্লকলে। লুখ্রাবী অদুনা থাওমৈরোমদা ওনসিন্দুনা হায়বকই—"ঈতা থাওমৈ।" হায়না কৌবকই। থাওমৈদি খুম্না হৌনদবনিনা খুমলকত্রে, অদুদা লুখ্রাবীনা হায়রকই—"ঈতা থাওমৈ। নুতিগাদি ঐনা কৌবদা খুমই ঙসিদি কৈদৌরবগে?"

রাকম অসী তাবদা হুরালবা অদুনা খল্লী মাগী থাওমৈ অসী নুতিগী খুম্না তাই। অদুনদি ঐ খুম্নগে হায়না খল্দুনা খুম্লকই—"ঈতা ঈবেম্মা করি তাকপীগদগে?

লখ্রাবীনা হায়রকই— "ঈতা থাওমৈ। ঐ ব্রারী লীগে তাওকো।" হুবালবনা খুমলকই— "ঈতা ঈবেম্মা লীবীরো তাবগে।" লুখ্রাবনা ব্রাবী লারকই "থাইনা নঙগী তাদগা ঐগা নহা ওইরিঙৈদা য়াম্না নুংসিননা পাল্লকই, নোংমগী কোয়রৌ নুমাৎ অমত্তবু খৎন-চৈনবা হায়বা অদু লৈতে। অদুবুনে ইতা! নোংমদি নঙগী তাদদো লরাই অথাপ্পদা লৌসান থৌবা চৎলুবা অদুদা চাক য়াম্না লামলমানে, ঐসু মানা অথাপ্পদা চৎখিবা অদুদা চাক চারকপসু য়াই হায়না খন্দুনা ফি খর থেঙনা সাদুনা লৈরুবদগী খর থেঙনা থোংলগে হায়না তৌরিঙৈদা কোক হেক খুংলরে। অদুদা মাদি চাক লামলবদুদা হোজিক ফাওবা চাক থোংলমদে হায়দুনা য়াম্না সাওরে, অদুনা ঐনা খুমই— করিগুম্বা অথাপ্পদা লেঙাখবা অদুদা চাক চারক্কত্রা খন্দুনা খর থেঙনা থোঙগে হায়দুনা, খর থেঙখ্রে থোংজরুরগে হায়না চাক থোংনবা হোৎনরে। অদুদগী নুপা ওইবগী হোনবা চৈ অমা পায়দুনা ঐবু ফুগে তোবকপদুদা অমুক্তা খৎনজরক্তবনিনা কিদুনা "হো লৈকাই-লৈকাইসা। হাৎলে-হাৎলে" হায়দুনা লাওইদো ঈতা। অসুম্না লাওবা অদুদা লৈকাই ময়াম চঙলকদুনা ছুরালবা অদু ফাখি। অদুনা ঈসুসা। মীওইবা হায়বা অমী লৌসিং লৈনবা হোৎনবা তাই, অদুগী মথক্তা পাইরকফি লৌসিংসু লৈবা তাই। মথংগীদি হয়েং লীর গ।

— —

## লান্দবদা পোৎসেম চঙদে

ঈস্নুসা! ঈপু ৱারী লীরগে, পুক্নিং সেলোই নিঙ্গনা তারো, ঙসিগী ৱারী অসীনা অরোইবা ওইরসি। থাইনা মমাঙ্গৈদা চীংমী অমগা তম্মী অমগা মরুপ সান্নজ্লনা য়াম্না নুংশিননা লোয়নরম্মী। মখোয় অনি অমনা অমগী মতেৎ পাংনরম্মী, হকচাং অমদগী অনি থায়দোকখিবগুম অদুক্কি মতিক চান্নে। অতুগা তম্মী অদুদি য়াম্রা লায়রবা মীওই অমনি, চীংমী অদুশা য়াম্না ইনাক খুনবা মীওই অমা ওইরম্মী। মরম অদুনা হকচাং অমদগী অনি থোক্লা থাইদোকখিবগুম পুক্নিং তিন্ননা ঊরবসু মবাইবক্তি শাম্নদে। নোংমা চীংগী মরুপ অদুনা মাগী মরুপ তম্মী অদুগী মথুমদা লাকলম্মই। মানা লাকপা অদুবু তম্মী মরুপ অদুনা য়াম্না হরাওনা কৌদুনা ওকই, মাগী সেগাইরবা থাঙপোকসঙ অদুদা তৌফক অমা থাদুনা ফমহীন্নরম্মই। মখোয় অনি ৱারী-ৱাতাই সাদুনা ঙা হাক লৈমিন্নরবা মতুংদা চীংমী মরুপ অদু চাক খজিক্কুং পীজনবা থৌবাং তোগে হায়দুনা মাগী মুপীদা চাক থোংন্দনবা হায়রম্মই।

মপুরোইবগী বাক্তয় অদু তাবদা সনাচীং চীংজাও অমনা মকোক্তা ননথরকপগুম বারম্ই। মরমদি—থোং-নি ওাই চেঙ লৈতবনা, কনাদগী লৌরুসিগে খনবদা। অদুব চাক চথোম অমতংদি পীজনিংবনা লৈকাইদা চেঙ খিবা চৎলমঙ্গ। নুপী অদুনা ইকাই-ইকি থাদোকতুনা লৈকাই অদুদা চেঙ খরদং পুগে হায়না মুমথোঙ কয়াদা হায়জে, কনা অমত্তনা চেঙ পীবীদে।

মবমদি—চেঙ অদু পুগ্গা সিংবা ওমোমই হায়বদগীনি, অদুব মুম্থোঙ পন্দনা চেঙ পুবা চৎলকপদা মীনুংসি খণ্ডবা ইমুং অমনা সিংদ্রবসু-সিংলবসু ফবে খন্দুনা চেঙ খরা পীবীরক্লে। অদুম্না চেঙ পুবা চৎখিদ্রিঙৈদা, মপুরোইবা অদুনা চেঙ ফংলক্তবা থোকলবদি হায়না খনবদা হুমাং অনপ্পী কাংলে। মতম অদুদা উচিন-নাচিন্না নুপী অদুনা চেঙ খর ফিজিদা য়োমদনা পুবকপা উবদগী হুমাং অনপ্পী কারম্বা অত্তু খরদি ফরে। নুপী অত্তনা থুনা য়াওনা ময়ুমলোমদা চওলকলে, মত্তু উবদা চীংমী মবুং অত্তনা হায়রকই—“ইচন! নঙগী অচবু মীওোন্দগী চেঙ পুরুরিব্রা?” “নত্তে ইবুঙ ঐগী সুম্বল লৈতত্তনা মীগীদা সুক্লবনি।” “তসেংবা হায়য়ুদা ইচন। নঙগী ইমুংদা ফো

নৈবা উ'দে।" "চুমই ঈবুঙ! মীগীদমী পুরুবনি।"
"ফরে মীগী পুরুশা চেঙ অতুনা থোঙশুরো, মত্ত চামিন্নশা নখোয় অনিমক ঐগীদা চৎসি, নবানিগী ফৌ কোকথোং অমমম লৌরুসি।"

অসুম তোনা নুপী অতুনা থুনা য়াঙনা থোংলে, মখোয় অহুম চাশিন্নরে। অতুগা মখোয় অহুম চাং তান্না হাইগৎলকলে চাংমী মরূপ অতু। মুম য়োৌরক্কুনা মতৈ-মনাওনা পুবা ঙম্বা ফৌ পীতুনা মসুম তান্না পুরকলে। ফৌ অতু নুপী অতুনা মানা পুরুবা চেঙ সিংদোকখে, ফৌ অতু চারিডৈগী মসুংদা মখোয় অনিনা নোম্বা য়াবা থবক নোম্মতুনা খজিক্কং চাবা থকপগী ফিভম ফগৎচরে। অসুম্মা তোরিডৈদা চাংমী মরূপ অতুনা মাগী মরূপপু লাকউ হায়না পাও থাবকই। থারকপা পাও অতুগা মতুং ইন্না অম্মী অতুনা মাগী মরূপনা হায়রকপগা মতুং ইন্না চাংমী মরূপ অতুগা মসুমদা চৎলমই।

মানা মাগা মরূপকা মফম য়োৌরবদা চাংমী মরূপ অতুনা হরাওনা ওকলমই, মখোয় অান ফমমানদুনা শাইহাক নুংসননা ররা-বাতাই সান্নে। চাংমী মরূপ অদুনা মাখা মরূপ তম্মী অদুদা সল লাবা পোৎমা লৌ উদুনা হৌদোক্লবা

হোৎনৌ হায়না পীরকই। চীংমী মরুপ অদুনা পীরকপা সল অদু হরাও হবাওনা পুদুনা মমুম পাংনা লাকলম্ই। সল পোৎমা অদুনা মীগী লৌ সান্দুনা মতৈ-মনাও চঙনা কন্না হোৎনদুনা লৌ উরে, থৌরায় য়াওনা হোৎনবদগী ফৌ য়াম্না থোকতুনা কুম অমগী চাননবা থমহৌরগা অবেম্বা ফৌ তাইথোকতুনা পৈসা খব পায়জরে। অসুম তৌনা চহি অনি লৌ কন্না উদুনা হোৎনরকপদা লৌ পরী অমগা সল পোৎমাগা লৈজ'র, মীবক তিনবা ওমজরে। মতম অদুদা মাগী মরুপ চীংমী অদুগী মপান্দগী লায়রবা কোকচবনি হায়বা অসী নুমীৎ থুদিংগী কাওবা ওমদে, লাইগী মফমদা মাগী মরুপ চীংমী অদুবু নুঙাই য়াইফহনবীয়ু হায়না থুরমজে।

মাগী লৌ পরি অমা সল পোৎমা লৈজবা ওমলবা, কুম অমগী চাবা ওকনবা ফৌ কাজবা ওমলবা মতম অদুদা পেন্নদুনা মাগী মরুপ চীংমী অদুনা চাননবা তম্পাক্কী অহাও-অথুম কয়া লৈদুনা মরুপকী মফমদা পীজরুনবা পুরে। লোয়ননা সল পোৎমা অদুসু পুদুনা চীংমী মরুপ অদুগী মফমদা সিন্নরগে থন্দুনা পুরে। অসুম তৌনা মাগী মরুপকী মফমদা লাকপা মতমদা

শল অমথক্তি উমুং মৈচাকপা মরক্তা চওলুবদা মপুকবাইদা য়াম্না সাথিনা থেগাইরে, ঈ য়াম্না থোক্লে। মদু উবদা তম্মী নুপা অদু মথৌরায় নুঙাইত্রে, মাগী মরুপকী মফমদা পীরুবদা য়াম্না নুঙাইরবোই হায়না খল্লুবদা অরাবা শকলোন পুবকলে। অদুমকপু লম থজিক্তা মঙাইরবনিনা য়ৌদি য়ৌরুগে হায়দুনা মাগী মরুপকী যুম তাম্না লাক্লে। মাগী মরুপ চীংমী অদুনসু মাবু তরাম তরাম কৌদুনা মতম কুইনা উমদ্রবগী তুংদা উনবা অদুদা য়াম্না নুঙাইজরে, মবানী কম্মীন্নদুনা পুরকইবা অহাও-অথুম অদু চামিন্নরে। অদুগী তুংদা চীংমী অদুনা সল পোৎমা পুরকপা অদু উরে, হাযবকই—“মরুপ! নঙদি সল অসী অসুক থুনা পুবকপা কবিগীনো?” তম্মী নুপা অদুনা হায়রকই—“মকপাকী মপান্দগী মকপনা পীবীবা সল অসীনা লৌ খরা সাদুনা চহী অনি লৌ উজবদা সল পোৎমগা লৌ পরি অমগা লৈজবা ঙমলে। লোয়ননা কুম অমা চাননবা ফোসু হাপচবা ঙমলে। অদুদা মরুপকী সল অসী মরুপতা সিন্নরগে হায়দুনা পুজরকপনি অরাবদি—সল অমদি উমুং মৈচাকপা মরকতা চওলুবদা মপুকতা য়ামনা থীনা খোগায়রে।

রাফম অত্ত তাবদা চীংমী অত্নুনা চঙসিন্দুনা মুন্না য়েংবদা সল অদুনা সোক্লিবা মসোক অত্ত থাঙনা য়ানবা মা:ল্ল হায়রকই—"করি মীতৈ নঙনা নবুক ফত্তদুনা থাঙনা য়াল্লগা ঐঙোন্দা লৌনম তৌরিব্রা?" নত্তে-নত্তে মরুপ! থাঙ্গৈমক সেংনা ঊযূং মৈচাকপা মচীল তুম্বা অমনা খোগায়বনি, মরুপনা ঐগীদমক হৌদোক্লবা হায়দুনা ঈতেং পাংবীরগা সলদা থাঙনা য়ানবা হৌনব্রা?" চীংমী অদুনা সাওনা হায়রকই-"হায় মীতৈ লৌনম চাওবা। ঐঙোন্দা লৌনম তৌদুনা পঙাং গুাংগন্নু, চৎথো চৎলু।" রাফম অসী তাবদা মীতৈ নুপা অদূনা মমীৎ মপী ঈরা চেন্না হায়রকই—"মরুপ ঐহাক ভোদবদি অসেংবনি, নঙগী তৌবীমন্দি থম্মোয়দা চেংনা থমজরি।" অসুন্না হায়মগা খোলফম অদুদা চত্তবা য়াদত্তুনা মমীত্তা মপী ঈরা চেন্দুনা মযুম মায়গৈ পাংন লাকলে,! মতম অদুদা অসাওবগী মৈথুনা নুংসিরবা মরুপকী সকতম্নু য়েক্লবা কৈ অমগী মসক ওইনা উথিবনা য়েক্লবা হাৎলগে খন্দুনা চীংমী অদুনা লাইবাগী মতেংনা মাগী মরুপ মীতৈ অদূনা সউনগী তেন কাপলকলে।

সউনগী তেন অদুনা মীতৈ নুপা অদুগী মতুংদা

হয়িংখোয় ময়াম্না ঙংঙ্না পাইরকপগুম কন্না ঙংঙ্না পাইসিল্লকই, মীতৈ নুপা অদুনা করিনো হায়না হননা যে·খিবদা সাইরোং মরুম্মুক চাওবা অমা পাইবা উই! অসুম্না পাইরক্লগা নুপা অদুদি লাঙ্জদবনিনা সউন অদূনা উযূং মৈ চাকপা অদোমদা পাইসিনখিদুনা উযূং মৈচাকপা অদুদা কুপ্সিনখি। মতৌ অদু উবদা নুপা অদু ঙকনা য়েংদুনা লে। অসোমদদি চাংম্বা নুপা অদুনা য়েকনবনি হায়না খনখ্রবা মীতৈ নুপা অদুদা পানব্রা হায়না মিংসেল কাংলোন য়েংলি। মিংসেল কাওলোন য়ে·বদা মীতৈ নুপা অদুদা মানা কাপখিবা সউন অদু পান্দ্রে, উযূং মৈচাকপা অদুদা পালবা উরে। মদু উরবদা মাগী মরুপ মীতৈ নুপা অদু লান্দে হায়বা খঙলে, লান্দবদা হীকাপ য়াইকাপ চঙবা হৌনদবনিনা চঙদ্রবদা, মানা কাপখিবা তেন অদুদি লেম্না মাঙবা য়াদবনিনা মঙোন্দা হল্লকপা তারে। তেন অদুনা মঙোন্দা হল্লকতুনা মথন্তা কাপচবা তেননা মথনতা পালবা তাবনা মীতৈ নুপা অদুগী মনাক তান্না কননা চেল্লকল্লে, হায়রকই—“মরুপ ঐ লানদ্রে ঐবু অমুকতা কনবীযূ।”

মীতৈ নুপানা হায়রকই—“করিনো? ঐবু ব্রাথল লাম্বা ফংদ্রে, মরুপনা ঐঙোন্দা লালবা করিসু লৈখিদে।”

"ঐ লানগ্রে মরুপ। মরুপনা ঐগী সল অসী থাওনা য়াল্লমানে খন্দুনা অসাউবনা হেনখিত্তনা নরাল লৈত্রবা মরুপ নওবু হাৎলগে খন্দুনা সউন কাপলুরে, অদুবু মকপনা লাল্লমত্রবনিনা সউন অসীনা উযূং মৈচাকপা অসীদা পাল্লে। মরম অত্তুনা সউন অসী ঐঙোন্দা অমুক হল্লকতুনা ঐ ইতোমদা কাপচবা তেন্না মান্দুনা ঐ সিবা তারে, মরুপনা নবাল কোকচরো হায়বিবা নত্রবদি কনানমু ঐবু কনবীনবা লৈররোই।" রাফম অসী তাবদা মীতৈ নুপা অদুনা মপুক্লিং ইচম চম্না হায়রকই— "মরুপকী নরাল করিমু লৈতে, থৌওং অদুনা থোকখিবনি, লেপনমক মরুপকী নরাল কোকলসনু।" অমুম্না হায়বদগী উযূং কুপত্তুনা লৈরিবা সউনগী মসক মান্দবা পোৎসক অদু মতুংনচিংবা পাল্লকতুনা সন্দং সউন অসেংবা সক্তম অদু ওনথোরকখি, চাঙ্গী অদুনা সন্দং সউন অদু লৌ-থোকখি। মখোয় অনি কোম্নত্তুনা মহৌসাগী মরুপ ওইবা অদু কায়নগুমসি হায়না সেংদোক্লখি।

ঈসুসা! রারী মতাং অসীদা লোইরসি, লান্দবা মীদা পোৎসেম-যাদু চঙদে হায়বা অসী চেৎনা থাজ্জৌ, মীওোন্দা খক লাল্লুগনু। ঈপুনা নহালমখৈ লীরকপা

য়ারীসিং অসী নখোয়গী নৌরিবা কোকতা হাপচিল্লু, মালেমদা লৈরিবা চাওব-চাওরবা ডাইরি বুক ময়াম অসীদগী মীওইবগী পীক্লবা কোক কৌবা ডাইরি বুক অসীনা শরুক চাম্নদা চান্না চাওবা হেললি। পীক্লবা কোক অসীদা হাপচিনবা চন্দবা লৈভবনি, নখোয়দি মহা ওইরিবনিনা নখোয়গী কোক্কী ডাইরি বুক্কি লামায খবদং ইবা হৌরিবনি। মরম অদুনা নখোয়দি মহৈ তম্লি-বনিনা মহৈরোম্দ' মায ওনসিললো, নখোয়গী কোক্কী ডাইরি বুক্তা মাঙহৈত্রবা মহৈ কৌবা লল অদু পীকথননা হাপচিনবা হোৎনবো। নখোয়না নখোয়গী মুক্ষ হাদ্রিবা কোক্কী ডাইরি বুক অদুদা অফবা য়াখল-লৌসিং পাও-তাকসিং অদু ইসিন্দুনা চেৎনা থমলবদি মুক হাদবা ডাইরি বুক অমা ওইদুনা নুঙাই যাইফবা পুন্সি অমা সোয়দনা ওইগনি। ঈপুনা নহাসমখৈ লৌখিবা য়াবীসিং অদু নখোয়গী নচা নসুদা লাদুনা তাহল্লু, ওসিদগী য়ারী লোইসিল্লসি।

—খৈরে

———

## অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকসিং

১। মীতৈ লাই হরাওবগী রাওজলোন

২। মীতৈ থৌরমগী রাওজলোন

৩। মীতৈ ঈয়েক মসক তাকপা

৪। ঈয়েক ঈপী ১৮গী রাওজলোন

৫। থেচঙলোন

৬। মীতৈ ঈয়েক ঈপী অহানবা

৭। চীংলৌ-তম্বী মীতৈনি